# ৱাহৌদোক

মপুগী মনাই লাইনিং অহল নাওরিয়া ফুল্লোনা। মপুগী মতিক ময়াইবু মনুং মপাল ২ তুনা ইশৈ ওইনা শক্তুনা শৈরেংথিরম্মি। লাইরিক মচা অসি মাংহন্নিংদতুনা ইমারোম্না ইমা লৈবাক্কী শেমগৎ শাগৎপিরিবা। অথং-অহৈ ইবুংঙো ইবেম্মা নাহারোল লাইরিক হৈবা, লাইরিক হৈবী পুন্নমক্না মিংয়েং তাখিরগা। ইমারোনগী লাইনিং লাইশোনগী মরমদা মপুং ফাহনবিগনি হাইনা নিংজতুনা। মীতৈ ময়েক সাজবা থৌপুবা কাংলুপ্না উনম তৌজতুনা লৈবাক্তা কৎচরি।

মীয়ামগী ননাই
নোংথোম্বম নরান
লুবাংশংবম।

লাইরিক
মসিং ১০০০

মীতৈ মরুপকী অপোকপা মরুপকী
মীতৈ ময়েক শাজবা থৌপুরা কাংলুপ্না
মেরাগী থাবুং (১৯৮৩) ইংদা উনম তৌজবা।

১। তাওথোং উশম অঙাংমচা — লুচিংবা
২। ফুম্নৌ চোঙ্গোনবম কু'লা — ঙমথং
৩। লুরাংশংবম নোংথোম্বম নবীন — শিন্নবা
৪। কমেংসাবল সোইবম তোমান — ঙমথং
৫। লুরাংশংবম নোংথোম্বম গৌর — সেল্লুংবা

লুরাংশংবম

১। লাঙ্গম চন্দ্রশিং
২। নোংথোম্বম ইন্দ্রমনি
৩। নোংথোম্বম ইবোচাবি
৪। মংসাতাবম নিতাইচাঁদ পুচাবি




ফুম্নৌ

১। মোইরাংথেমবম কুলচন্দ্র
২। অহনথেম কুবের

লাংথবাল

১। য়েঙ্খোম মুনান

কমেং

১। লৈশাংথেম যুগে

যৌরাবুং

১। কোনসম কুলাচান মীতৈ
লাইরিক শন্দোকপা

খোংহামপাৎ

১। লাইশ্রম বোকুল
২। কোইজম ইবুংহল
৩। রাইখোম বোকুল
৪। লৈশাংথেম মনিহার

# ছুং সিদবা

হীতে ঈশৈ অচানবা হৌবা
ছুঁনা নিংনা নঙংনি।
ছুঁনা নিংনা নঙংনি।
ছুঁনা নিংনা নঙংনি

## অনিস্নুরদা মপুগী মতিক লোলথোকপা।

সিদবা মপূ ইবুংঙো। মপোক লৈতবগী শাগৈনি অচং চত্তবগী মাঙ্গানমনি। সিদব মপু ইবুংঙো। মৈ ইশিং নুংশিংকী লৈপাক অতিঙা মঙাগী মপুং ওয়বা লিকলুনি মহাগীদি মহী-রেননি, সিদব মপু ইবুংঙো। মঙাগী পাওবু মপুনা তায়খি মপুগী মত্তেবু মঙানা পাংখি। মঙাবু মপুগী মশানি তরুক হুবদি মমিনি। মমিগী মচুদি পূমনমক অমা ওয়থি। সিদব মপু ইবুংঙো। মমিনা মচু ওনহৈদা তাইবং পানবা শেমহৈদা মপুগী মচু থংনখি মঙাগী ময়াই ফাদাকখি। অপানব মচু লৈফোননি নুংশিবা মনম সংব্রেনি সিদব মপূ ইবুংঙো। মঙাগী পাংগল মপুনি মপুগী পাংগল মঙানি। কনান অথোই-বনো কনান অহানবনো? কনান মকুনো! কনান মসানো? মপুগী হৌকম থংগনি মপুগী মতিক ফংগনি। সিদব মপু ইবুংঙো। মঙানা তিল্লগা অমগী মশা অহুমনি, মতোমতা সাংপা লৈরেননি লৈগী লৈকা লিশিংনি ওমখৈ নায়দব পাও রৌনি তাইবং মীনা থংগনি সিদব মপু ইবুংঙো। পাওলেন

খোম্বা অথোইবা পাওলেন তাকপা নিংথিবা। ইপুরোইনা লেংঙোই হায়রে তাঙহৈরোইনা তাওরোই হায়রে সজিক মসৌ লাংহনবিগন্নু থাবা ময়াই চাইহনবিগন্তু সিদব মপু ইবুংঙো॥

অহুম সুবদা মীয়ামবু নোনজবা।

তারাথাদা নোনজরি থুবাক লাইথন সাজরি। অপোকপগী মতিকপু সককে সোনগে নিংজরি লানবা চুম্বা থিবিন্নু তবাদবু নিজরি। হায়জনিংঙি চংখোননা লৌসিংদি থেনথরে মপান নায়দে মতিকতি শুমৈ। নাইদে হায়খ্রে। হঙোয় লৈয়েং শুম্বনা করিবুদি সোনজনি তুমিং পাগনওম্বনা করি ইতিক ওয়গনি। ইচংইতৌ যেংবিন্নু অকাই অতোই থিবিন্নু ময়োনদবু লৌথংপিউ তিংথংবুদি য়েংবিন্নু। তাথি সোনায় থম্বিন্নু ননায় ওয়না পুথংপিউ অয়োন অন্নান পুমনমক থৌজান মৈনা তুমহনবিউ। লৌসিংবাংপা মরম্না অমম্বদা সাওজরি। অঙাওবগী মতমগুম থুংপাই চেংনা পাইজরি। তরা থৌজান মৈরানা লম্বি ফংগে ভানজরি তরা প্যাদ্বৈ পাংগন্না তরা থৌগন তৌজরি।

মদি সুবদা পনেম পম্বৌবু নিংসিংবা।

মঙাবসুদা লমজিংবিবা লাইনিং অহলবু নিংশিংবা।

তরুকসুবদা সোম্নাপুংগা ময়াইদা তেংবানবা মপুবু কোথজবা

লেংশিনবিরকউ পোকলেন পোকপা সোম্নপুংগী ময়াইদা মপুগী মীংথৈ শোনজরিয়ে ননাই তোল্লবা ঐখোইনা, করিগ

খংজাদ খৌগনগী পোৎলম কল্লিনা খৌগনবু তৌখনি সরি মপুগী মীংথৈ শোনজবিয়ে। মনাই তোল্লবা ঐখোইনা শোল্লপুং ময়াইদা ফম্বালগী মথক্তা ভান্তোইবিরবো ইবুংঙো।

১। নুংশিথোইবা চেক্লানি পুক্লিংকোনগী ময়োননি। মতম কুইনা তানজরে। লাংলো য়ামনা চংজরে। ভসি নুংদা ফংজরে পুকনিং কাংদা থুররে। পিজনিংবা চিনজাকপু থুমনা থোইবা মতৈবু। পুক্লিং পেম্না পিজরে নুংসি চান্না য়োকচরে। চৎনা লমদাং তাকপিরে লাইগী মিংথৈ তম্বিরে। লোনগী মচেং লোনখিদ্রে কুঙায় ইরাং উংথদ্রে। তমখিদবা মরোননা ওইথোক-তবা মরোংনা। চেকলা নোইনা সারকলে পোক্লেন পোকপা হায়রকসে। মপুনিংবা মনাইনা মপু খৌজান ফংদবা চেকলা ফংগে তাঞ্জরি অহন নাক্তা চংজরি॥

২। উজাও উরেন অথোইবনি। তেংবানববু স্বপ্নানি। লেংফদবা উরেন অথোইবা মাংহৈদবা মপুংফাবা ঙকগ্রবনা মওং ওইরি ওইদবনা মপুং ফারি মরা লাংনা থক্তা কৈরে মশা মবেংনা থাদা কৈরে। তেংবানবনি খংজরে নোংদোন লাকনি হাইজরগে মওং নত্তো খল্লুরগা তাইবং মাল, ঘেংউরগা। লাইনিং চেৎপা ইবুংঙোশিংনা মিৎয়েং থোংথাং চুমখিবনা নিংবা নিংবা মওং উথি উবা উবা মওং হাংখি থাপক্রে হায়না নিংউববু উক্রে হায়না খল্লুবসু নকপা লাইবু ওইখিরক্লে। অঙকপা মওং শেম্বিরক্লে। চাঙবা পিকপা মনিং ওইরে। থুংদবা লমদা শিনথুংয়ে মফম সাৎনা খিরুরগা

নিংবা মপুং ওইজরগা মশাদবু লোইনবমলে। উরেন মচু ওইখিরমলে। অফবনা মথক কাখি করুবনা মখা কুমথি মাপন য়াম্না ময়াই থুংখি ইপুরোই ওইখি। হুমানস্পুরী খোংদা লমদা ময়াই তিনবা মতাং নুংদা মপুগী মিংথৈ তাইবং কাওখি তাইবং মরুপনা সোম্নখি॥

৩। অথাক্পা লমগী কুমৈদি ওসি নৌনা নিংসংজৈ। নোংয়াই ইচিক লোম্লখ্রে। তুমথুন মমৈ ওয়্লখরে। মুংসি সকতুম উরুকুই পামু লমদা লৈজকুই। খোয়াই পেম্না য়েংজবা পুক্রিং থুংনা উজবা মংগী কুশ্মে ওয়্লবস্মে। পাওগী লিখুল হল্লস্মে। তোরৈ তরেং লানদনা ইখাই তরেং ফাওদনা, কোকিল খোনজেন ফাওখ্রে পুক্রিং ময়োন হুনখরে। থমোইনুংদা য়েকখিব। মাংবা কাওবা লৈতবা নুংশি পাওবু হুমলক্রে মলংবনা পুরকলে। পূক্রিং য়াম্না নুংশিজে য়াংজ য়াম্না নৌথৈজে। অঙবগী কুমৈনি। অথোইবগী য়াথংনি।

৪। ইংনা তপনা মালংবা শিংলে লৈগী মরুপ লৈকোন্দা সাংলে। উমং মাইকৈাই নিংাখনা ঙালে তাইবং মংদি মথক্তা শাথ্রলে। উচেক বাম্না থিবিকনা নিল্ল খোইমু খোইরা মরুপস্থ ক্লংলে! কুমৈ কিয়োং য়েংবনা চুমই সকপা সোনবা তাবনা খোকই। ওসি হয়েং হায়বগী নতে তাইবং মরোং থাবগী হায়দে। তৎপা কাংবা জৈতবা রানি ময়েং তাবা নায়দবা কম্নি।

৫। নিংথিজৈদা লমদমদো নুংশিজৈদা মাইকৈকো। নোংজু মুপা লৈতনা লৈচিন লোংফাই থাংদনা লাইজ চুমথাং

খুল্লিয়ে মচু মওং নিংথিদে। তুরেন লাইজ মরুদ্বা মপুঙ্গীদি লৈকোন্দা। লৈকা লিশিং লিশিংনা স্না ফুন্দোং ওইহনা। লাইজ লৈরেন অথাইবা মকা লাম্না শাংলিবা। স্না মতান তামলিবা মাইকৈ তবা ঙাল্লিবা। হৌবা লোঁইবা লৈখিদে হাথম্নস্তু য়ৌখিদ।

৬। চিক্লা ক্লিশি থোকখরে তাইবং থৌরাং হৌখরে। চেক্লা কোকিন থোংইয়ে (বাঁশি) তৌখ্রি মথোন তারিঁয় কনানা থোংবা তৌখ্রিনো। কনানা তাবা মাথাননো। তাইবংনদি য়ৌদেয়ে মতৌ অমা ওইরিয়ে লাইজ মুংশিং নামিবা ইংনা তপ্পা ছুমলিবা। লৈঙ্গী মনম শিনখবে লাইজ থোইমু ঙংখরে থোইমুনবু চুপ্পবা লৈরেঙ্গবু চুপ্পরা? থাইন চেক্লা চাইকোইনা মপুঙ্গী হিয়াই ফংবনা মিংযেং লুনা য়েংখিবা পূক্লিং ময়োন-ছুনখিবা থরাই ইংগী লাইনিংবসিং। নিংনবুংগী লাইফমনি স্নাগী লৈরেন মথক্তা মপুনা হাইবা রারিদো যাইফবনা তাজখি লাইগী কুপ্সে উজখি। করিদস্তু পান্দম্নি কনাদবু হাইগনি।

৭। চিংগী নুজা লাইরেম্বী ননাইনবু খুকংজৈ। হৈজদবা ননাইনা কবি থৌগন তৌজনি। লৈজদবা মুনুনা করি ইরাং তৌগনি। নিংথৌরেন্দ্রি অথৌব' মপারেম্নি খংনবী লাইনিং চেংপা মুনুদি হৌফম শাংফম খংখরে খংজদবা ননাইদি অম্মবন্না লৈহৌরি। হৌফম শাংফম উজদে মরি-মথোং খংজদে তৌগদবা থৌগনস্তু ইত্তিনস্তু য়ৌজদে। ইবেম্মাগী নত্তিকপু সোজনিংই পুক্লিংনা লৈয়েংনদি থোকচদে থৌবাংজরি য়াইবিনা।

৮। হুংশিদকো খুল্লুবদা পালিদকো থশ্মোইস্নুংদা। তাইবং মংগী থাইবদা পামু লমবু হৌথরে কাওবা ভমদে পুক্লিংনা থমোই লকা য়ৌখরে। কল্লকইদকো হুংসিদকো উরবোইদকো পামু লমদো। কাওগে য়াদে পুক্লিংনা থাগে য়াদে থৌরাইনা থনবা থনবা মতাংদা চাকথ্রে থমোই মৈবানা। কদায়দবু চৎলসিবা করম্নবু লেলসিবা। ইংভম কাওভ লৈখিদ্রে তাইবং তবুং ওইখরে পামুবগী মরমদা মথক মথা ওনখবে। ওস্থোকপনি পামুথোইবা। অরেম্বনি হুংশিথোইবা। তাইবং রাখল লাকপদা মালংবস্থু হুম্নকাল চিংন্নুং লম্বেন ফাওদনা ইরাও মখোন লাওরম্মে। হুংশিদকো খল্লুরগা পালিদকো নিংঙুরগা। অরাং মাইকৈ পাংবদা নোদোন লম্বেন হাংখরে লৈচিল নোংভেল ফাওদনা লাইজ চিংদোন ভমখরে। পামু খোঞ্জেন করিগী তায় তাইবং মংনি কনানা হায়, মাইগে পাংনা যেংবদা মপু লমদম উজারে সম্নজিং মতোন লোম্বদা লমদম লৈরে খুংজরে। পুকনিং পাওদি য়ৌজ্বথরে হায়জনিংবা হায়জথরে। চেকলা মতু সোম্বনা মশা খপ্পা ভমজদে চেকলা মশা তেনবনা পামু মফম য়োজদে। পুক্লিং লৈবাং লৈনম চনখি থমোই কৈকোন য়ামনা মনখি। লাইনিং চেৎপ্পা মুন্নুনা থমোইন্নুংদা কোনজখি পুক্লিং লিচিং কনবনা লাইরৈবাকতা ফংজখি।

৯। কবিন্নুংদা ফংগদবা নিংনা উপান মহৈদো। অহল নাকতা কমজরে লাইফম কয়া কোইজবে। উমংন্নুংদ লৈক্করে মফম শাংন খিংজরে। মিচিক খোনদি তাদবা তাইবং পাওনা

য়োঁদবা উমংস্তুংদ হংজরে উরেনদস্থু জায়জরে। তুরেল চাংজৌ মপান্দা চিরা লেম্বা মকমদা। মালংবগা উনরে ইচেন্দস্থু জজরে। ফংনা ওমদ্রে পামুবা উনথিদ্রে নিংথিবা। পাম্বে তুদা থমজরে নিংনা উপান কোনজরে। অহল থৌজান মরিকনা রাজকুবা মুনুনা মসাদবু যংজখি উপান মহৈ চুপচখি।

১০। চিংদোন থকতা হৌরিবা করি উপান ওইগবা। চিংনা লেম্না হৌংরে তেংবানবনা উথরে। মসা মরেং ফনথরে কায়দোংভস্থু থেয়থবে। হৌভম নাক্তা চৎচকই কোইমা সাংন থিজকই। হেভম মফম থংজদে উগী মরু ফংজদে। অহল য়াথং নিংসংজৈ থমোই সুংদা পুসনজৈ। চিক্লা চেৎনা কিসনজৈ মুম্না রাথন তৌনজৈ। চিংগী নাংপোম হায়থবা লম্বী অনি লৈরিবা। উগী হৌভম তাকচবি সোইদবনি খুংজরি। উমং লাইনা মপুনি পাংগল য়াম্না বনবনি। লাইরেম্বীগী মপুনি লাইরেম্বীনা পাংবনি। লৌথি থোইবা লম্বিনি অত্তাওবগী লাংলৌনি। লোকচপ তরুক কাগনি চিংদোন তরুক লানগনি। লম্বি সিবু নতনা পুকানতনা নিংদনা উপান মরু উজনি পরৈ অমুক হনগনি। মপুনিবা মনায়না য়েংবা ওইগা পায়দনা। অ ন য়াথং ইনজরি সিদ উপান তানজরি॥

১১। মরোং করি হায়গনি, মচু করি ওইগনি, অরাম্বনা মহাকান, থৌরাংবনা পেনবনি। কনথিনস্থু ফংখিদে, পানজস্থু য়োঁখিদে। অথোইবদি অহুমনা থুংনভস্থু ওয়রিয়ে থুংনভস্থু থংবদি অমত্তনি হায়রিয়ে। ইপুরোইদি ইবুংঙো মরোং মতৌ তিনথরে ইবুংঙোগী পুকনিংনা তেংবানবু ওয়থরে।

১২। ওয়জনিংডি মনাইবু ফংজনিংডি মভানবু। তিনজনিংডি খৌরায়না নিংজনিংডি পুক্সিংনা। উনরগা হায়জগ ভিনরগা পেনজগ। চিংগী নাওপোম উবগা ইবং ঈচেন য়েঙগা। নিংশংজগে মরোংবু পানদমজগে সকতমবু। খোইকুম মোমোন নোকচগে হায়নিংবসু হায়জগে। মুংসি মাইগৈ যেংবদা পামু লমদম নিংবদা। মাইগৈ পাংন হৌখিবা মিংয়েং তাগ্রা উখিবা। উরি উপান মুংশিক্রে মুংশি মাইথোং নিংসংজ, রারবগী মতমদা উমুংগীদি ময়ায়দা। হরিনোংনাং খোংববু ইরাও মখোন তাববু। থমোই লকা ইংজখি পামু ফংডে নিংজখি।

১৩। ইপূরোইনা খৌজানবিউ মনাই ওয়না পুসনবিউ। ইপাকুতা তাওজরি পান্বেবু থিজরি। রারবা নচানি লজবা ননাইনি। যাথংবু ইনদনা লম্বিবু খংদনা। লমহুকপা ননাযনি ইরংদা তাওবনি। করিদি উজনি কবিদি ফংগনি। তৌজমন মহৈনি ইহনদা লৈবনি। হৌজিকতি মতমনি চানবিব মভাংনি। মিযেংবু তাবিবো খৌজানবু পিবিরো। নিংসংবা ফংজরে চেৎনবু কোনজরে লৌনমবু তৌবিম্নু ননাযবু থাবিনু।

## নোংগলম্বী

১৪। ঐবু পোকপী পলেমনা ঐবু পোকপা পনথৌম মচা ওইবা মুমুদা তাইবং তরা চাওৈদা তিনরাবু তাকাপ খায়না রারি তৌবিখি। পারি সানৌ খুংদবা তুংগী মাংগী উদবা ইমাগীদি চযোমনি ইপাগীদি লৈপুননি। মতম অম

লাক্কানি যাইবী নৈলেখোক লোইরনি লোইবী লাংজিং কারনি অবাবব্ ফংগনি। রারুগন্নু পারিও খলস্নুগন্নু মুখও পলেমনব্ তাককনি পনখো-বু হাযগনি। স্নুংভায় লমদাং নৈলেখিয়ে খমন্নুং লখী ভাললিয়ে মতিক চাওবী পলেমনি মীতৈ নৈপাক কৌথনি ইপা—ইপু হৌভমনি ইপা—ইপু তিনফমনি। খোকনা ইফুথ যাহবীনি চৎনা লমদাং সেমবীনি। খমন্নুং তাইবং সকলবী সিদা সায়েন ওইরিবী মালেম মীতৈ নৈপাকনি তাইবং পোকপী পলেমনি। তাও তাও পারীও লাইবক খীবা মুন্নুও কংলা য়াইবুং খারগা লৌলামবু়বু কারগা খারম পাংনা কুমগনি রাংবুরেনব্ তমগনি। মাহগৈ ভাকপা রাংবুবেন খমন্নুং তুবী নিংখোরেন খলন্নুং চাশিং থিবনি খো়থাং কুপনা য়েংবনি। য়াথং ইরু পিগনি স্নুভাই লমদাং তানগনি লোইবী লাংজিং চীংদোনদা স্নুংসি চীংগী মথকতা লাইগা লখী নৈবনি স্নুংভাই লমদাং ওইবনি। লোইবী চীংবু লোমলগা পোখাবুংবু য়োরগা খমন্নুং চাক-লন চাগনি খমন্নুং খুনদিন কযগনি। মাংদা চেনবা তুরেনদো ইরাই কননা লাইজদো তাইবংগীদি নম্বুননি লাইরেবাক্কি তুরেননি। তারা চবৈ শেংলগা লাইজা তুরেন লাল্লগা সিদা উপান ফংগনি সিদ মহৈ চাগনি। নুংসি লাংগোন চীংসাংনি ইপরোইনা সেমবনি পারী লাইবক ফবনা লাইগি লমদাং ফংবনা হরাও খেনা চৎখিবা হবাও খোংথাং থাংখিবা লাইবক খীবী পলেমগী তাইবং মৈসা লাংবীগি থমোয় নৈকোন কিনথখি পুকনিং নৈরাং মনথখি। পারী ক়মজো হুনগানি লমজেন

খোৌরাং হেনগনি খোংজাকলেনবু য়ৌরগা ইবেনখৌবু ফংলগা কুরেন ভাংখাবু য়েংহনা লমজেন কোরেক পায়হনা খমদা ইশিং থককনি অবা খোৌরাং কোকনি। লোইবী জাংগেন লোমলগা লাংনা লাংদান লেল্লগা মুংসি পাংপু উগনি খোংহাম্পাংপু কৌবনি, মুংশিখোংবু সেংহনা ফিসু ফিজাম লোইহনা খোংহাম ইপাক লানগনি মকোই মুঙোই কাগনি। খমমুং নাওরা পাল্লীনা ইরান ফিবু ফৌহনা খোইরেন লমদাং য়েংহনা পলেম সকপু িংহনা পলেম কৌনা কপ্পদো মরাম খোননা কৌবদো পলেমতনা তাগনি পনখোৌতনা খগনি। পাবী নাংরো তোনবানা ত.ইবং থারে হংহনা সপি তরং শিনধনা হিরা হিক্কা কপতুনা ইপুরোইবু িংজখি থুয়া চেংনা কোঞ্জ'গ। খমনুং নাওরা পাল্লীনা চিনজাক লোমলে খতু। খোথাং ইচিক থারকলে ইভৌরোকপু তালক্লে িংথি?খোইব। লংদমনি লাইরৈ বাকফি লমজিনান পাঙনবগী লৈকোননি পাঙনবগি সাংফম্নি। লৈকোন লৈবুং তাঞ্জরে লাইগী পাঙন ফংজবে। সনাথোবু য়ৌরগা লাইরৈবাকপু ফংলগা ইপুরোইগী যাথনা লাইরেম্বীদি তরেৎনা লৈরাং খুজোক পুরকলে পারী থকতা চাইখরে।

১৫। ইপুরোইদি ইবুংঙো ননাই ওইনা লৈজগে। লাইনিংথৌদি ইবুংঙো পুক্রিং চেৎনা নিংজগে ইবুংঙোগী উমংদা লৈরাংতবু ওইদনা হৌজগে লৈকোন্দ কুমঙা কালেন নাইদনা। মুংশি লৈনম ওইহনবিয়ু খোজান্দবু ফংজগে ইবুঙোগী লমচৎনা খোইমু খোইবু ওইবিরো লৈরাং লৈরিক চুপ্পনা। খোজান

মচৈ পিবিরো চনজরোই ইবুংঙোগী খোজান্না পংথাজরোই লৈনায়ু। তাইবং মৈশা লাংবনা ইপুবোইদি ইবুংঙো ননাই ওইনা লৈজগে লাইনিংথৌদি ইবুংঙো পুক্নিং চেৎনা নিংজগে।

১৬। ওয়জনিংঙি মনাইবু ফংজনিংঙি মঙালবু। তিঞ্জ-নিংঙি খোৱাইনা নিংজনিংই পুকনিংনা। উনবগা হ্নয়জগে তীনবগা পেনজগে। হৌফম শাৎফম ওয়রিবা লোইভম লোমফম লেপ্পীবা। য়াংবী লোশি ওয়েহনবীযু পাংগল ইচিক হুলহনবীউ। নসাদগী হুনবনি নায়ন্দগী শাৎপনি। লৈরাং লৈশক খংজগে য়ায়বী মনম তিনজগে।

মপুদা মৈরা কৎনবা ইশৈ

১৭। লাইগী লৈপাক্কা নিংথিবে মপুগী মঙাল্লা ঙানখরে। মাইগে মাইথোং লংখরে মপুগী মীংয়েং তামখরে লৈকোনগী লৈরাং শাৎখরে, নুংশিবা লৈনম শিনখরে। খোইমুগী মরূপ্পা ভংখবে, লাইগী পুক্নিং থুংখরে। নিংনা উপাল মথক্তা উমংগী লৈকোন লাইফমদা লাইগী শবিক খিংখরে মপুগী থোগন তৌখরে। কুন্দী কালেন নাইথিদবে অৱাব মৈচাক লৈখিদরে মপুগী লমদম য়েংবদা লমদমগী কূশ্মে উবদা তাইবং কূশ্মে লোমখরে। খমনুংগী পাওজেল হনখরে লৈকোন মনুংদা লৈরিবা সানাগী শঙ্গাই নিংথিবা মনু কানানা শাবনো অচম্বা লাইদি ভইরোইয়ে অরেম্বা মরম হাইরোইয়ে। য়াইবি খরাইনা থৌরাংজৈ। লাইনিং অহলদা হুঙ্গৎচৈ খোংলোন (৬) নি হায়বিয়ে লাইনিং অহলনা

লাউরিয়ে খনবা মতাং য়োরক্লে মপুগী মতম ফারক্লে। অপোকপনা য়াইফরে সিদবনা য়াইফরে য়াইফরে য়াইফরে সিদবনা য়াইফরে।

## শাযোন তবা

১৮। খুরুমজৈ অপোকপা লাইনিংথৌ য়াকবা মরোংনা নতৌনা তেংবানবা ওইরিবা। লমদা থা ওযবনা শাবম লাই যাওরক্লে উরিগী উপালগী য়েনিংস্থু হুল্লক্লে। মপুগী য়াথংনা লৈবাংস্থু পাংখরে লৈরাংগী ময়োলদি নারাফম ওয়খরে। ইবুংঙো লাইনিংথৌ নয়াথং চুপ্লে অপোকপা মপাৱেন খুদমবু ফাওখ ব। খৌজানগী মশরা নপুক্লিং ওয়তুনা তাইবংবু নাযাইনা শেম্মগে নিংতুনা। ঈর.গী ঈপাক্লা নৱোংবু ওয়খিবা নপুকনিং লমচৎনা পুমনমক শুপখিবা ঈরংগী ঈথৈনা ঈঙারেন ওয়খিবা ইঙারেন য়াইবীনা নীংসিংবা ফংখিবা নতিক্কী নয়াইগী পাঙ্গলগী লৌশিংগী পুমনমক ৱাংতনা মপুংবু ওয়বগী। ওয়নিংবা ওযতুনা লোনিংবা লোতুনা নপুকনিং লমচৎনা নৱোংবু ওযতুনা। তেংবানবা থোংতুনা নথক্লা হাপখিবা ঈঙারেন মরোংনা খেংগুরেন ওয়খিবা। থেংগুরেন লাইস্নান পুখৎপা ৱাথবে তেংবানবা হকপনা ঈপুবোই ননখরে। ওকসারেন ওয়তুনা ওকচাওনা পুথংলে মপুগী যাথ.না তেংবানবা ওয়রক্লে। অঙকপা মপারেন অঙকপা কুম্মৈনি য়াইফবি হায়তুনা তাইবংনা সোনগনি। ওকসারেন চোকথকে মথোনা লোমথরে য়েকনবা শাগৈনা লাঙ্গোই লাং চনখরে। মপুকনিং ওনবনা পসোংপু ওয়খরে নোংশারেন ফীতুপপু মপুনা লৌখরে। য়েকনবা

চম্বস্থ মপুক্লিং থুংখিদে পুক্লীংনা পাম্বস্থ তাইবং সক ফংখিদে। নিংবগী মহৈনা মপুক্লিং থুংখরে পিশক্লী মঙংনা তাইবংসক চেয়খরে ফনিংবা ফংখরে লৌনমবু তৌখরে মালেমগী পুক্লিংদি অবেম্বা ওয়খরে। উহৈনা চাওখিবা বায়েলনা মুনখিবা মতমগী থোকলৈনা মথোকপু লোইখিবা। মালেমগী মথক্তা তাখিবা হৈরাংগুম উরেম্বী মবোংবু মসাদা তিনবগুম। অপোকপা ইবুংঙো তাইবংবু সেমখরে মমিংবু মথাবু মসাদা তিনখরে। তাইবংপান ফাওখরে মপাঙ্গল ফখরে মপাগী য়াথংনা মালেমবু হাংখবে। মালেমবু হাংখিবা মৈচাক্তি কনখিয়ে লাইনিংবা অহননা মৈচাকপু কোকপিবে। তাইবংগী লাইনিংবা লম্বীবু তমবীখি মালেমবু হাংখিবা মৈচাকপু কোকপিগি। পুক্লিংনা সনা ওয লমচৎনা কোক্সেং ওয় অপোম্বা লৈরাংদা খোইমু খোউ ইনফরোই। লাইবৈবাক কোন্নংদা লাইনিংথৌ পানবগুম সনাগী শাংবলদা হুণ্ডায়না ফমবগুম। হুণ্ডাইরি তাইবংনা মপুক্লিং সোংজরি অরানা হৈতনা মপুগা লোইনরি। মপুগী মহুন্না য়াযবীকোন নিংথিরে মতমগী মযাইনা বাখলস্থ হোংখরে। ওয়দবা বাখলবু থোরায়না পামখরে নৎতবা লমচৎনা পামুসম পাখরে। তমথীবা পুকচেলনা মপুকনিং ওয়খিবা তেংবানবা কুমৈবু অস্থমনা সেমখিবা। তাইবংগী চিনজাক্লা লৌশিংদি ফংহুনা মতমগী ঈরাংনা পুক্লিংদি চেৎহুনা। অপোকপা মপুগী মংবু ফংজখি ইবুংঙো লাইনিংথৌ মসাদা কোনজখি। মসাবু হাংযদে মুন্নুনা লাওজখি মপুগী য়াথংনা লাইবৈবাক ফংজখি।

অঙৌবা সগোলবু মপুনা তোংগনি তকীবা মসরা য়েকনবা হাৎকনি। কুমৈবু লোইহুনা থাকখনবু থারনি তে খানবা অপুমবা ইরবু ওযগনি। অঙকপা মপাবেন অঙকপা বুমৈনি অঙকপা থোরমনি অঙকপা মবোনি। তৌযমগী রাবীনি লোইকমগী পনথেংনি তেংবানবা মকপনা কেপনবা রাহৈনি। রারীসি তাবগা তাইবংপান লানগনি মপুগী থোজালনা লাইরৈবাক যংগনি। মপুগী রাশীবু মনাই (যুলোনা) লেংজরি তবাগী থোগলব তংতনা তৌজরি।

# ইচেন

১৯। ইবুংঙো ইবংঙো হাইনবি, মাহাক্নদী উনবা ফংদরী করম্বা মবোংনি হাইরসিগে। উমংগী চেকলাংমলত্র মখোনতবু ওযনা তারিত্রা কবম্বা রাখনদা লেপ্‌লসিগে। হৌফংবু লৈতবা হৌনদে তোংভমবু লৈতবা হৌনদে অহনগী মযাথং লৈরমগনি। মবোংদি লৈতবা য়ারোইযে অবেপ্পা খোংগুনদি নাইবোইযে তাইবংনা লৈবগী খন্নবনি। লৈতবা পোৎলমদি লৈররোই অরৈবা মখৈদি লেংলরোই রাযেনগী পথাপ্পা লাওবিবনি। লৈবিবা পোৎলমবু য়েংহুনা লম্বিগী লিখুনবু খিহুনা হৌভমগী ময়োনবু পুখোকনি। অহলনা রাখনব তৌনবি অবেপ্পা লমদাংবু তাকপিরী মপুগী লৌনমদি চমলগনি। লম্বিবু ফংহুনা ভাল্লগা নহানা চৎচবা ফংলগা মপুগী মবোংবু সাজগনি।

২০। কৈরেন নংগী নমিংবু লৈবাং থম্বান কৌবরা ? নংনা সংপাঃ মফমদো লোইনা হেক্না লুবরা। তমথিববা তাইবংবু কিবত্তুনা তৌবরা হেক্কলনি হাইত্তুনা মযাইদবু সাংপরা। হিরেন পৈদ্বৈ লৈজদে নংবু হেক্কে তৌবস্লু ইরাক্লনি কিজরে ইরোইরক্কে নিংবস্লু। অমত দি হংজগে লৈরাং নংগী নফমদং লৌনমগন্নু নহাক তাইবং ঐগী ইফমদা। পাংলেন পানদা সাংলিবা মনিংথুংবা ওমদবা তাইবং সাল্লম ফংবনা মহৌমকা লাংদবা।। লৈবাংসিবু থম্বাল্লা মসদগী লাকপরা মতিক ময়াই পুমনমক নংগা মমান্নববা। পাংপানথংবা লৈবাংবু নুংসি পামনা হেকচগে মন্নু মপান হাইদোক্লা নুংসি চাননা য়েংজগে।

২১। সাযোল্লিবা ইবুংঙো করি মচু ওইরিবা হংনিংবনা হংলগা করি পাওবু তমগবা। অমুবান মথল্লি ডৌবগুম্না মতৌই ডৌই হাইনা লেপস্লু ঙাংবগুম্না মতৌই। অঙাংবরা হাইরস্লু মেনমানবগুম মউংলি মেনমানববা নিংবস্লু অশংবনি মথল্লি। শংহিকলবা হাযবস্লু লোইয়াম্বনি খনজবি লোইযাম্বনি খনবস্লু শংবাম্নবা নিংজরি। কবম্বনা চুমগবা অমমবদা লৈখুরে লৌনম করী লৈরিবা থাংভম মফম খংদবে। ডৌখরবা ইশিংনা মযাম ওইনা থেল্লগা ইপাক ইচাও ওইত্তুনা মযাম ওইনা তুংলগা। অমুবান হাইত্তুনা অয়াম্বনা হাইনরী কনা কনাগুম্বনা অশংবনী হাইনাব পুমনমক্কি মমিনা অমুববু ওইখিবা অমুবগি মচূনা সাযানতবু ওইরিবা। তাইবংবানগী মবুংঙো অঙকপনি খনজরি তাইবং মরূপ খিবিকস্লু অঙকপদা লৈনরি।

22 । মপানথোংগী কুয়োম্না মুক্তরম্বা ওয়গনি, মনুং শপান যেংলগা অওয়ববু খংগনি। অহি, মুংথিন অনিদি মপান থোংদা ওনবনি মনুংগিবু করিগী অমম অত্তান থাইবানি। করি-গিনো কুপ্হৌনা মুংসি থোম্না খোংলিবা তমুরগি মথোংদা করিগিনো নুংসিবা। ফজথোইবা তয়াম্না হু গী মতম ওইরমমি ভা প্ররবা লৈরাংগী মনুং শাসাৎ ওয়্যরম্মি। খুমথরবা মাইখুমবু হাংদনদি ওয়বরোই অহন থৌজান নত্তুনা খংগদব লৈরবাই। উফম মতুং ইনদুনা মশক মাবোং ওনবগুম লিকশাই মচু ইনদুনা ইশিং মচু ওনবগুম। ইবুংঙো'শ লৌনমগী মশক মরে, যাম্রব্রা তথাংশবা তাইবংগী কুমৈ যেংগ তৌরব্রা। লাইনি, অহপ মরূপনা লৌনম কিসি থোবদোকখি খুমথরবা মাইখুমবু হাই দোকতুনা য়েংখি। অবেপ্পবু ফংদুনা চেৎনা চান্না কোর্নাসর্নখি। তাইবংবানগী মপুনা মনাইতবু থৌজানখি।

২৩। অহিং নংসি ওনথোক্রা নুসি হৈত্তে থৌজানগী মবিকতি নসাদা পকতে। করিগী ঐহাকপু নহাক্না চানদে ঐহাক্কি লৈবাংবু নহাক্না যেংদে। সুংসাগী মৈচাকনা থোই-দোক্না চাক্লে উমংগী লৈবাদি থোইদোক্না মল্লে। নহাক্কি থৌজান্না মপাংগন ফজৈ উমংগী লৈবাংনা য়েনদিংবু হুনজৈ। থম্মোইগী লৈরাংদি ওনথোক্না মল্লে অাহংনা ওয়রগা লৈমনবু চল্লে। করম্বা লৈরা নো বাখুন্না ফদে তযাংবা পূকনিংনা ফগনি নিংদে। থম্মোইগী লৈরাংদি নুংথিনদা সাংলি মপুগী থৌসিন্না ওয়্যগনি খল্লি।

২৪। তেংবানবগি মবুংঙো থৌজান হৈব ইবুংঙো ইবুংঙোবু গোগনৈজে হন্না হন্না খুকম্জ। তাইবং পানবা নতনা কুম্মৈ ওয়দে থদুনা মালেম লৈসা চিংথংখি। তাইবং ময়োন ওইহনা মযাই থিবিক পুহনা লমদাং খিবিক তাকপিখি কুম্মৈ খিবিক উহনখি। লৌশিং চাওবা তাইবংনা মকপনিবু থংহনা তুংইন্নবা তানজখি ইবুংঙোগা ফংনখি॥

২৫। লমদম মরোং অমনি কুমজা মতৌ অমনি অওয়বনি হুযসিবা ওযদবনি হাইসিরা। অহন্নদি লাওরিযে অওয়বনি হাইবিযে বাখন তৌসি নাহাক্পু মফমসিবু তানসিবা। মুডাই হাইনৈ লমদমদো অহন মকপ খিবিকতা নাহারুপনা হংজরি। মপূংংবা মনাইনা ফজরনি হাইহনা লাইনিং অহল মফমদা থৌবানবু ওাইজবি। য়াইফরে য়াইফরে ইপুরোইনা য়াইফরে তাইবং পানবা মকপ্না য়াইক মিংথৈ সোনখরে। ইপুরোইগী পুকনিংনা থৌরমদবু ওয়হনা তেংবানবাবু ওয়বনি পাথাপ সিংথা কাইদনা। খতিঙাবু চোংথোকখি খোরম মতুং ইনহনা মুংসিং নিথৌ সিন্নথরে অতিঙাবু সিনহনা মুংসিং নোংলৈ ইনহনা লাইক ইশি চোংথোকলে ইনি নুসিং চাইনরে কান্নী লৈসু ফাওবরু মবিমক্কি খোরুমনা মালেম লৈসা থোকথরে তেংনা পানবা মরমনা তংবানবু ওয়থুরে॥

২৬ তাইবং কৈথেল কাবিও ইপাকলাংদ লাওরিডৈ ইগিনি মী গিনি খল্লিডৈ মতম পুন্না চৌথবে। হে মীওইবা সোলহৌদবে মপুগী মিংথ, ভসি সিনি পাওজলে হয়েংসিন পাওতাক্কে। অরোইবা

মতমবু লাকনি পুনসি চেংজেন লোইখিনি চত্তবদি য়ারোই হন্দবদি য়াররোই ।

২৭। নিংজৌনে পুক্লিংনা শোল্লুনে কৈযেংনা, মপুগী নিংথিবা অথোইবা মিংথৈবু, নিজৌনে পুক্লিংনা। মতম কৌবা অমম্বা বাখল্লা চংবা ঙম্লোই তাইবংমীদ, নিংজৌনে পুক্লিংনা পুনসিগী অরোইবা মতমবু যৌবগা ইতোমতা লাকপনি ইতোমতা হনগনি নিংজৌনে পুক্লিংনা। কনানা ইপানো কনানা ইমানো, মপুনা ইপানে মপুনা ইমানে, নিংজৌনে পুক্লিংনা।

২৮। মতম অসে হৌখিদৌরে মীকুপ মীকুপ খুদিংগী। মীওইবগী মপোক অসে তাংলবনি মালেমসিদা, থারগী মপুনা সিদগী উপাল সোলবনা চুম্মী মপুগী মিংথৈ। ঙসি শিনি পাউজেন্দে হয়েং সিনি পাওতাক্তে, ঙসি—ঙসি হযেং হয়েং মতম পুম্বা হৌখিদৌরে।

## মীতৈ লৈবাক লাইফম

২৯। মীতৈগিদি লাইফম্নি মীতৈ লৈবাক হায়গনি। চাংজো চেপনা থুরুমজে হম্না হম্না নিংসংজে। লাইনা সেমবা লৈবাক্তি ইপা ইপু হৌফমনি ইপা ইপু শাৎফম্মি অপোকপগী লৈকোল্লি অপোকপনা সেম্লিবা সনা লৈবাক নিংথিবা ইমা ইপা ওইরিবা লাইলবাক্তি হাযবিবা। কৌব্রু-শিংনা লেমফুনি কংলানা খোই-দৌনি লোকতাক সনা তেংগোৎনি মীতৈ থৌবাই ওইবনি অচৌবদি তুরেল্লি ময়াযদবু চেনবনি ইাবল নমবুল অনিনা ওয়দা য়েংতা চেনবনি। তুরেন সিংলি অহুমনা হকচাং কায়াং

ওইহুনা কৌক্রদগী হৌহনা ইথায়দবু তিন্দুনা লাইগী মরোং লেপথবে লেপনা লাইবু ওইখ্রে মীতৈ হৌফম লেপথরে।

৬০। মীতৈ হৌভম থিগনি মীতৈ পোকফম থংগনি। মীতৈ ইপা ইপুদি সোরারেনগী মচানি মীতৈ মরুপথিবিক্তি লাইগী মচা-মশুনি। সোইখিল্লবা রাহৈনি লাইগি লাইরা রাযেন্নি মীতৈ ইপা ইপুনা হাইনরম্বা রারিনি। চযোন তরেৎ লৈরিয়ে নোংমাইচীংসু ভাল্লিয়ে কৌক্রু চীংদোন ভাল্লিয়ে লোক্তাক ইপাক লংভিয। খোংহামপাৎসু ফুল্লিযে মকোই মুংগোই ভুমন্দ্রিয়ে লাই মতোন ফৌকবা লাইবৈবাকপু তাকইয়ে কোবাক্তা তোরবুং লমপাক্তো বরুহবু কাউগনি তোববুং মুংশিং নাম্বিবা মীতৈ মযোন হুনবনি। কবম্নবু কাওহুনা মীগিদবু তাংসিগে ইপা ইপু মীরাযনা বরম্নবু পানসিগে।

## (মীতৈ অঙম অথৌ পুম্নমক্তা রাকৎচবা)

৬১। মীতৈগিদি অঙম্বা মীতৈগিদি অথৌবা খুয়াধাদ চংজরি থৌজানবিনি নিংজরি। মীতৈ রোম্না শবচগে মীতৈ-রোম্না সোপ্পগে ইশ্বর হাইবা মিথৈখদো অপোকপনি হাইজগে। মীতৈরোম্না ফবদো মীতৈরোম্না হাইজরি মীতৈরোম্না বংদবা মহৌশাগি লৈজরি। বেদ পথাপ কাইজদে ইপা ইপু কাইজদে তোচানবগি সাগৈদা লৈগে হাইনা হাইজদে। লাইগি মমিং সোন্দবা লাইগি মতিক শকপদা মীতৈরোম্না তৌজগে থবক থৌরম খুদিদা (বামোন লৈরি বেদগী মীতৈ লৈরি ইরোনগী মাং-হলনিংদে ইরোনবু মীগী চৈরক কিবগী। মীতৈ ইপা ইপুনা

নোংথং ইরুপখিবদা ইরোন থাসি হাইখিদে মীচৈ মরুপ খিবিক্লা। চাখিদবা চিঙ্গাকপু চাসি হাইজদে মীতৈ মরুপ খিবিক্লা পাওজেন ওয়না লেঙ্গুদ। চানবিখিবা মরুপ্পা অইদবনু সম্বি। অওয়গী মরুপ্পা পাওশিংথানবু লৌবিখি। পাওগী লিপুন খিচন পাওচেনবু খংজাগ হিগাই বাদি মহাক্কি অবেপ্পনি হাইজগে। ওইদবদি ফৌরামনি অওয়বমা মপুংনি কৈরামতুদি পাইগনি মপুং মম্বা পপকনি। ফত্তবদি য়াংঙিয়ে অফবদি হাজদে ওইদবদি সাংথবে অন্যবদি লেংজদে। তাখি সোইনাইবিগনু মীতগী দ অখোইবা মীতৈ বোংবু লোম্বনি তবাগাদি অনম্বা॥ পা নিং খোনগী ঈনিনদি ওয়দবনি খংবিনি ওয়খিবনু ওইখরে থৌজান মিৎয়েং তাবিনি। মীগী ফত্তে হাইজদে ঐগী চুম্মে নিংজদে মীতৈরোনবু লোনবনি লোনম করি লৈজদে। মীগী মরোন তাখিদ থাম্না ফজরমগনি থড়ব মবম্না থনবু কাদে হাইবনি। মীগী কুটৈয় মরোদি মপা লৈতে হাইনগে মফম খুদিং চংতুনা মতৌ তব তমজগে। মীবোম হোংবা যাগনি লাইরবা হাংবা য়ারোইয়ে মুম্বা রাথন তৌবগা চুমগগনি নিজৈযে। বাম্নি লিবা তারগা নাকোং যাম্না পেনজৈযে সংকীর্ত্তনবু যেঙ্গগা মিংকি পেনবা ওযজৈয। রাথন তৌদিনু অহলসিং করম্বনা ওম্নবা মধক কা। লম্বিবু করম্বনা ওযরিবা। ইপা ইপু বিবিফতি থাজবনা লানথংর মচা মসু ঐখোইদি লাইথোকপনা হেনথরে। মীগী লানদা লাইনিংবা পুকনিং চং। যাদরে ইপা ইপু মরোম্না লাইনিংগবু নিংজরে। হংগংচবি তরাদা মাতৈ

বোনবু মাংগদরা মীতৈ ঐগী ইবোম্মা লাইনিংববু য়াত্রবদি। মীতৈ মীতৈ হাইবিরম্ম মীতৈ লৈপাক পনবিরম্ম মীতৈরোনবু মাংহনবদি লাইসোনববু য়াত্রবদি মীতৈ লৈবাক লাইফমগী মচা ওইবা মীতৈনা ঙসি নোংলেন লমজাওদা মাংবা মালং ইথক্লা মীতৈরোনবু মাংনরে কিনা থুগনা লোননরে থমোই লৈকোন কাইথরে পুক্লিং য়ামনা নৌখৎরে। লাইরবীনি হাইহনা হৈজদব ইমাবু ইমা নত্তে হাইবিবে মচাগীদি মমাবু হাওনি নাইনি হাইবিরে চন্নবা য়াদে হাইবিরে থমোই লৈকোন কায়খরে পুক্লিং যমনা নৌথরে। মীতৈতবু ওযরবদি ইমাতবু থংলবদি খুনগোইবিবোইদবনি লুনজেকপিবোইদবনি। মীতৈ লৈবাক লাইফমগী সিদ থোজান মমানি ইমাবেনগী মচানি নুংশি খোইবা মরোলনি কবি হাইনা মাংলিবা করি হাইনা নামুংবা মচাতনা খনজরি কবম তৌনা সেংগবা। ফরবস্থ ইমানি থিরবস্থ ইমানি ইমাতবু নুংশিনি ইমাতবু থৌগন্নি ইমারোনবু ইরননি লমুক লমসেনবিগন্ত হাওরোননিবু হাইবিনু লাইসোন য়াদে হাইবিনু।

